# রাখাল—পরেং।



*Published BY:* ——
Dr. H. Gaurachandra Sharma.
**M. D. H.**
Estd. 1946.
23rd Nov.

— —— × ——

By .

Shijagurumayum, Bilumangal Sharma
Oinam leikai Chinga makha
Manipur State Imphal,

Published By

Dr , H . Gaurachandra Sharma .
Sagalband Terakeithel , (M, D, H)
Tongbram Leikai .
IMPHAL ,

ইরিক ফংকম ।

চাংঙামখা ওইনাম লৈকাই ।

১ । শ্রীযুক্ত সিজগুরুময়ুম বিল্বমঙ্গল শর্ম্মা।

---

শগোলবন্দ তোংব্রম লৈকাই

২ । শ্রীযুক্ত ডাঃ গৌরচন্দ্র শর্ম্মা ( এম ডি )

# ভূমিকা

ঐখোইনা অপংবা পূকচেল অমদি রাখল লৈজদবদগী ধর্ম্ম বিরূদ্ধগী মরমদা জাতি অমসুং বিজাতি, খাইদে হাইবসিগী মরমদা খরদং চিংনজরনা রাখল পরেং হায়বা ধর্ম্মগী লাইরিক মচা অমতং ফোংদোকচরি। লাইরিক অসি জ্ঞান লৈবা ইবুংঙো ইবেম্মসিংনা, মিৎয়েং তাবিরগা অরানবা পুন্নমক চুমথোকপিবদা ঙমখৈ লৈতনা নুঙাই-জগনি! থোইনা হৈথোয় শিংথোয়রনা অসিগুম্বা লাইরিক অসি ফোংদোকচবা নংচদে। ধর্ম্মগী মরিদা ভদ্রলোক ওইবা ইবুংঙোশিংনা রাখল তৌবিরগা, হায়রিবা রাখল পরেং হায়বা লাইরিক মচা অসিগী মতেং পাংবিবদা অপংবা ঐখোইগী পুকচেল অসি অপংবা কোকলে হায়না ঙমখৈ লৈতনা নুঙাইজগনি। অমসুং পুস্নিগী মহৈ য়াল্লে হায়না খঞ্জগনি।

বিণীত

শ্রীবিল্বমঙ্গল শর্ম্মা

## ( সুচী পত্র )

# হরিজয়তি।



( ওঁ )

শ্রীগুরবে নমঃ,।

১। (জ্ঞান) জ্ঞান হায়বসিনা (মানব) মীওইবগী চাওখৎনবা - মরু অমনি.। জ্ঞান হায়বসিনা (মুক্তি) সংসার লান্নবা মরম অমনি, জ্ঞান নত্তনা মুক্তি ফংবগী উপায় লৈতে,। সংসারদা পোক্লবা মীনা মীওইবগী তৌবা হৌনবা ধর্ম্মগী রাখল অদুদা পুক্নিং চংবনা অথোইবা ধর্ম্মনি,। চংপা হৌনবা ধর্ম্মা হায়বসিদি মীদি লাইরহনা সর্বদা লৈবা লাইমরুম্মু থাদোক্কে,। লাই ওইনা পোকপগী হৌনবা ধর্ম্মা অহ (কর্ত্তব্য ধর্ম্মনি) হায়রন নিংখিনা ঙাকখিঃ,।

মাসিদা মীওইবনা হেনগৎপা ধর্ম্মবু থাদোকতুনা [অকর্ত্তব্য] বিজাতি ধর্ম্মদা পুক্নিং চংখিতুনা তৌগদবা ধর্ম্মবু নরকি তিনগুম্মা থন্দুনা সজাতি ধর্ম্ম থাদোকপা অতোনবা জাতিগী মতৌদি আর্য্যশিংনা পান্নখিদে সজাতি ধর্ম্ম ঙাকখি।

২। অমত্তা ওইবা ব্রহ্মানা ময়াম ওইব মথন তোঙান তোঙানবা জাতি খুদিংমক্তা আত্মানা লৈ নুমিৎ-কি মঙানগুন্না,। সুর্য্যগী কিরণ মেব যত্র তত্র সম্মুখোগ্যাৎ,। নুমিৎপু মফম মফম খুদিংদা মায়োকনবগুমনা ঈশিনা থল্লবা চক্ খিবিত্তাঃ নুমিৎকি মমিনা লৈবগুম্না জাতি খুদিংদা আত্মানা লৈ।

৩। ঈশ্বরদি অমতনি জাতিদি তোঙাল তোঙাল্লি ধর্ম্মস্থু তিন্নদে। শাগী ধর্ম্ম, মীগী ধর্ম্ম, উচেক্কি ধর্ম্ম, অস্তুন্না তিন্নদে তোঙন্না লৈ,। নর ধর্ম্মগী মনুংদা মথন মরী থোকই। ব্রাহ্মানগী ধর্ম্ম, ক্ষত্রিগী ধর্ম্ম, শূদ্রগী ধর্ম্ম, বৈশ্যগী ধর্ম্ম, জাতি ৪গী মনুং চনবা ম্লেসনচিংবা জাৎ, বিজাৎ, কয়া লৈখি,।

পূর্ব্ব কান্দা ঈশ্বরনা ধর্ম্ম ত্তিন্নমনা চৎলু হায়রগদে,। চিঙ্গাকনচিংবা মান্না হল্লমদে,। অশিক্ষিত ওইবা, অতোপ্পা মীনা স্ব ধর্ম্ম থাদোকপা, পর ধর্ম্মদা পুক্লিং চংবগী মতৌদি শিক্ষিত ওয়বা আর্য্যশিংনা চৎনরমদে লৌনখিদে অমস্তুং চৎনগ্রবা অফবা ধর্ম্মবু থাদোকতুনা হস্থবা হিংসাগা লোইনবা ধর্ম্মবু পামফদে। ফত্তবা লমচৎ থাদোক্তুনা অফবা লমচৎ চৎলুবদি অথোইবনি,। স্বর্গ ফংতুনা

লৈরবা মীনা নরক্ত. অমুক লেয়ু হয়বা পামফম থোক্তে নরোক্তারবা মীনা স্বর্গ কারো হায়রবদি হরাওফম থোকই; জ্ঞান লৈবা মীনদি হন্থগা লমচং পামনদে অপংবনা পমহ্না ফত্তবা লমচৎ চংপনি,। ধর্ম্ম পুন্ন-মক একাকার ওয়না চংকনি হায়রবদি শ্রীমদ্ভাগবতনাচিংবা পূরান লাইরিক লৈরমলোইদবনি,। শাস্ত্র পুন্নমক লোপ ওইরগা একাকার ওইনা চামিন্নগনি হায়বা লাইরিক অমতং ঈশ্বরনা থনমগদবনিনে। ৱাখন তৌরগা লাইরিক তমহৌদ্রবস্থু উং, ৱাং, নাপী, হায়রনা মশক তিন্নদবা অসি য়েলগা ঈশ্বরন জাতি তিন্নন থনমদে ধর্ম্মসু তিন্নদে থনরে,।

৪। ধর্ম্ম লৈত্রবা মী সজাতিয়গী ধর্ম্ম চংত্রবা মীদি পশুগা মান্নে শানি থনৈ। সজাতিগী তৌবা হৌনবা (কর্ত্তব্য) ধর্ম্ম দা পুক্নিং চনা চপা মীতুনা সংসারগী অয়াম্বা দুঃখদগী লাম্থোকতুনা ঈশ্বরগী লম্বি ফংগদবনি,। নিখিবা জ্ঞান্না মরম ওইনা ধর্ম্মনি অধর্ম্মনি হায়বা খঙ্গদবনি। অরেপ্পা জ্ঞান্না মরম ওইদুনা আর্য্যশিংনা অমুল্য রত্নগী মশক ওইবা ধর্ম্ম শাস্ত্র থম্বিরমই। ধর্ম্ম শাস্ত্র পারগা খংনরি,।

৫। কর্ম্ম তৌদবা মীনা নিষ্কাম ধর্ম্ম অমসুং য়াদে দেহগী তৌবা হৌনবা কর্ম্ম থাদোকতুনা সন্ন্যাস ওইবনা করি বানবগে কর্ম্ম তৌতুনা নিষ্কাম ধর্ম্ম ফলগা কোন্না অন্তকান্দা থাদোকপনা রা কাইদে হান্না কর্ম্ম থাদোকউরগা চানিব পোং নিংশিংলকতুনা রা য়াম্না কাইরকই। জ্ঞান যোগতবু সিজিন্নবা কর্ম্ম যোগতবু তোঙান্না সিজিন্নবনা অখোইবা ধর্ম্ম ওইদে। জ্ঞান যোগ কর্ম্ম যোগ অনি তিন্দুনা সজাতিয় ধর্ম্ম ওইবা কর্ম্ম তৌরগা নিষ্কাম ভক্তি থোকই। আত্মতত্ত্ব জ্ঞান খংবা মীনা লানবা ওমদ্রবা সংসারবু পার তৌই।

৬। শ্রীমদ্ভাগবতগী পঞ্চম স্কন্ধদা প্রিয়ব্রত নিংথৌনা মচা নিপা ৭ তরেৎ পোকই। জম্বু দ্বীপ, প্লক্ষ দ্বীপ, শাল্মলিদ্বীপ, কুশদ্বীপ, ক্রৌঞ্চদ্বীপ, শাকদ্বীপ পুষ্করদ্বীপ, হায়খিবা দ্বীপ তরেং অদুদা মচা নিপা তরেংপু লৈহনখি অমমম ওইনা মখোই ৭কি ধর্ম্মদ তিন্নদে তোঙান তোঙনা চৎখি। অদুগুম্না সংসারসি ঈশ্বরনা শেম্বিরকপদা ধর্ম্ম তিন্নহল্লাদে। মমা অমগী মচা ওইতুনসু ধর্ম্ম তিন্নদ্রবদি বিজাতি হায়বনি ওইরে বিজাতিয়গী চিঙ্গাক বিজাতিয়গী ঈশিং থকপা হায়বসি আর্য্যশিংনা তৌনরমদে

আর্য্য ধর্ম্ম ঙাকপা মীদি শিখিত কৌই। জ্ঞান লৈবা মীশিংনা হৌজিক ফাওবা লৌনদ্রি,। (প্রমান) লাইথুং কোক্কনি হায়হনা চনম চারুরগা লাইথুংদি কোকহৌদে চনম চাবগী দোষ ফংদুনা তোকই,। মী মহাক্না বিজাতিয়গী চিঞ্জাক ঈশিং থক্লগা হকচাং ফৈ অনাবা কোক্কনি হায়না খন্দুনা বিজাতিগী ঈশিং থকপ্না অনাবম্ব কোক্কে পাপতি লৈহৌরে খন্দুনা য়েংউ ঈশিং অদু থকইবা মীশিং অদু পোকপদগী শিবা ফাওবা মশক ফজব্রা, নাদব্রা, শিদব্রা, ঐগী জাতিগী মনুং চন্দবা ধর্ম্ম চৎপদি জ্ঞান লৈতবনি। অপংবা, অপংবনা তৌবনি,।

৭। (সংসার) সংসার হায়বা করিনো? সংসার হায়বদি ভার্য্যাগা লোইননা মচা মস্থু শন্দোকপবু হায়নৈ,। অরেপ্পা ৱাহৈদি সংসারদি জগৎ অসিবু সংসার কৌই জগৎ হায়বদি ব্রহ্মাদগী অস্তম্ভনা লোম্বা ফাওববু হায়বনি পুম্নমক অসি জগৎনি জগৎপু সংসার কৌই॥

৮। সংসারদা লৈবা মীনা তৌগদবা করিনো?,। জাতি ধর্ম্মগী মতুং ইন্না ভার্য্যা পুত্রনচিংবা য়োক থাকপা জাতিগী কর্ম্ম তৌবা হৌনবগা লোইননা হিংসা মিথ্যাবাদ তৌরুবা লৈতনা ঈশ্বরদা অরেপ্পা পুকচেম্না হায়জবা চংজববু

সংসারগী [কর্ত্তব্য] চংকদবা ধর্ম্ম তৌবা কৌই,।

৯। সুখ দুঃখ হায়বা করিনো ?,। নুঙাইবদি হায়বদি মপানগী অর্থদা ভার্য্য পুত্রগা মা, লুপা, চানবনচিবা রাংতব নিংব খুংবনু হায়,। মনুং চনলম্বা অর্থদি সধর্ম্মগী মতু ইন্না পুন্নি, মেন শেনা অমত্তা ওইনা ব্রহ্মানন্দ ফব ঈশ্বর রূপ ফংখবদা নুঙাইবনু মীওইনা পোকপগী নুঙাইবা কৌই,।

১০ (দুখ) অরবদি ভার্য্যাপুত্র যেংবদা অরাংপা ওয়বা ললগী মরমদসু সুন্য ওয়র িংবা খুংদনব অরাবা কৌই,। মনুং চনবা তথদি ঈশ্বর নিবদ কাইনব ব্রহ্মানন্দ সুখ লৈত্রব অত্তুনু অরাব হাইবনি,

১১। সুখ দুখ করিদগী ওয়খিবনো ?, নুঙাইবা ওইখিবদি পূর্ব্বজন্মদা ইহোঙজন্মদা অংবপা পুকচেন্ন জাতিগী ধর্ম্ম কাইদনা চংপা মতম চানা মপোক অত্তুগী তৌনা হৌনবা কর্ম্ম তৌরুবা বিদ্যানচিংবা তালহৌবদগী নুংঙাইবা য়াওখি।

১২। (দুঃখ) অরাবদি পূর্ব্বজন্মদা ইহোঙজন্মদা মিথ্যা বাদ ওইদুনা জাতিয়গী কর্ম্মবু নিংখিনা মতম চানা তৌহৌদবনা মতম চানা বিদ্যানচিংবা তমহৌদবনা আর্য্য

ধর্ম্ম থাদোক্লুনা বিজাতিগী লনচং পামন্নুবদগা তরাবা ওইখিবনি,।

১৩। (ধর্ম্ম) ধর্ম্ম হায়বা অসি করিনো ? ; ধর্ম্ম হাইবদি সজাতিদগী ধর্ম্ম মতুং ইন্না হিংসাবাদ নৈতবা পুক্নিং চনা জাতি ধর্ম্মগী মতুং ইন্না ঈশ্বরব নিইবদো ধর্ম্ম কৌই,।

১৪। ধর্ম্মনা হিল্লবা দেহগা আত্মাগা করি শম্বন্ধ লৈনবগে,' স, সমবেত সমবায় সম্বন্ধনা লৈনৈ,। স মায়াদগী থোরক্লবা মায়াগা মরি লৈনবা দেহগা অমত্তা ওইবা ওন্না হিল্লবা সম্বন্ধনা ওই,। মায়াদগী থোক্লবা দেহগা,। আত্মাগা মরি লৈনদ্রবদি হকচা অসি তোবা য়াদে। মথুং হৈবা মী অমম হবচাগা অসিগুম্ন মূর্ত্তি অমা শাহনা সেমলবমু আত্মানা লৈনবদি করিম্ন তৌবা ওমদব মরমনা আত্মাগা দেহগা মথক্কা হাই-খিব সম্বন্ধনা ওইরি,।

১৫। পাপ হায়ব করিনো , বেদনা যাদবা ককথংপা কর্ম্ম, হিংসানাচিংবা গুরুগী মফমদা পাপ লংজকুবনা চিব থবক তৌরুবদো পাপনি। জাতিয় ধর্ম্মগী মতু ইন্না তৌহৈদে হায়বা থবক তৌরবদি পাপনি থংনৈ,।

অহুবু থংনা থংনা পাপ তৌরবদি জ্ঞান লৈতবা ওইরে শিখিত ওইবা আর্য্য ধর্ম্ম ঙাকপা মীনা তৌনদে ,।

১৬ । সর্গ হায়বা করিনো ? ,। লৈব্রা ,। লৈ সর্গ হায়বদি পুন্য কর্ম্ম তৌবা মীনা লৈরুফম ইন্দ্র দেবনা চিংবনা লৈফম ওইবা ভুবলোক্কি মথক ওয়না লৈ । মপানগী অর্থদা চৎনবা ব্রাঙাংনা মপোক অসিদা নুংঙাইনা লৈবা ইনাক খুনবা মফম নাইবা ঈশ্বরদা কৎনিংবা পোৎ কৎপা ঙম্বা অচৌবা মীনাই লৈবা মফমবু অচৌবা জিলাবু সর্গনি সর্গ ফংবনি হায়না প্রহেলি তৌনৈ ,।

১৭ । নরক হায়বা করিনো লৈব্রা ? নরক লৈ ধর্ম্ম রাজনা চিত্রকুপ্তনা লৈফম ঈশ্বরগী ইচ্ছাগী মতুং ইন্না জীব পূন্নমক্কি দণ্ড তৌফম শিরগা মাগী মাগী ধর্ম্ম কর্ম্ম মতুং ইন্না লন্বী তাকফম লৈ হায়না ধর্ম্ম সাস্ত্রনা তাকই । লৈব্রবদি লৈতে হায়গদবনি । অমস্তুং লাইরিক্তা ইরমগদবনি ,। চৎনবা মতমগী অর্থদা মীওয়বনা তৌরুবা হুরান্বনচিংবা পাপ কর্ম্ম তৌরুবদগী ভারতিয়গী দণ্ড বিধিগী মতুং ইন্না মফম মফমদা লাক্করিবা দণ্ডি তৌরিববু যমগী লাক্কবনি অস্তুম হায়নৈ ,।

চাবা থকপা থুংদহুনা মাগী মাগী লাইথুংগী মতুং ইন্না মতম কুইনা য়াম্না ৱানা লৈববু নরক্কি লাক্কবা নরক্কাবনি হায়না প্রহেলি তৌনৈ,।

১৮। ঈশ্বর হায়বা করিনো লৈব্রা?,। ঈশ্বর লৈ অনি শুদবা মথন্দা নুঙঙাইবা পূম্নমকপু খংবা মী লাইনা চিংবা পুম্নমক্কি মপু ওইবা জগৎ পুম্নমক্তা শিনধুংনা লৈবা ইবুঙেঙো মহাকপু ঈশ্বর কৌই,।

১৯। ঈশ্বরনা করি তৌবগে?,। মথন্তা নুঙঙাই-তুনা লৈ ঈশ্বরনা জগৎ সংসারগী কুম্মৈ য়েগে নিংলবা বান্দা মহামায়াদা নিংখিরবা মিৎয়েংনা হেক য়েংলকপদা জগৎ পুম্নমক অসি শেমহল্লকই নিংখিনা সংসারগী কুম্মৈ য়েংলগা হান্নগী মতৌগুম্না হজ্জিন্দুনা লৈ জগংস্থু লৈখিদ্রে মতম অহুদা মায়াদা লৈবগুম্না উহল্লি ময়ানস্থু চংদবা ঙমদে মনিং তমবা ঈশ্বরনি,।

২০। ঈশ্বরবু মীওয়বা ঐখোইনা কমদৌনা খংবা ঙমগনি?,। ইবুঙেঙো মহাকপু পুক্কিং মোন্নচিংবা থুদুম চন্দূনা স্থুখ, দুঃখ, থাদোকতুনা নিংথিনা নিংজরবদি জীবাত্মা মশক খংজবা য়াই ঈশ্বরগী মমি, মঙানগুম্বা জীবাত্মা খংজবা উত্তবা ঙমলবদি ঈশ্বরবু ফংজবা ঙমজরে

হৎনরি,।

২১। জগৎ হায়বসি করিনো?,। পোকপা শিবা নাইরিবা নাপী. উ, নচিংবা ব্রহ্মানা লোম্বা পুন্নমক অসি জগৎনি,।

২২। কমদৌনা জগৎ অসি ওয়খিবনো? জগৎ হায়বসি হান্না প্রমানুগুন্না ঈশ্বরগী মায়াদা লৈরমই। হান্না লৈরমদ্রবদি জগৎ লেরোইদবনি ঈশ্বরগী শক্তিনা সংসারগী লীলা য়েংলগে নিংলবা বাদা জগৎ অসি থোকলকই,। হকচাং হায়বা অসিস্থ জগৎ অমনি মরমদি মৈ, ঈশিং, নুংশিং, সপ্তসাগর, চৌদভুবন, মুমিৎ, থা, দ্বীপ তরেৎ, নয় খণ্ডনচিংবা লাই কোটি কুম্থ_। হুমদোইনা লৈ প্রমাত্মা লৈবা জীবাত্মা লৈবা মরমনা জগৎ অমনি হায়বা য়াই অওইবমক্নি,।

২৩। জীবত্মা হাইবা করিমো? জীবগী লক্ষন করিনো?

১। দেহ পুমনমক্তা প্রমাত্মানা জীব ত্মানা নিংথিনা মফম অমা শেমহনা লৈ মমিংদি অষ্টদলপদ্ম কৌই মক্কুদা লৈ প্রমাত্মাদি সংসারগী চিঞ্জাক চাদে জীবা ত্মাদি সংসারগী চিঞ্জাক চাই, সংসারগী (ভোগ) চিঞ্জাক চাবা অতুবু জীবা ত্মা কৌই মহাক্তি সংসারগী দক্কমা

পুল্লি ,। মহাক্তি ইন্দ্রি পুমনমক্তা চেন্দুনা কর্ম্ম তৌই,। প্রণাত্মান করিস্তু য়াওদে অহুম ওইনামকস্থ জীবত্মামগী মতুং ইল্লি। তিন, কাংনচিংবা পূমনমক্তা চংহনা লৈরি। পুমনমক অদি য়াওদনা ঈশ্বর হায়বা অমা লৈরি মহাকপূ ফংবদি আত্মাবু উরবা থংলবা মীনা ঙমগনি ,। জীবদি শিদে হকচাং অসিদা মাংখিগনি। দেহদগী খোকলকলগা জীবনা হকচাং অমদা চংহনা লৈরগা অমুক পোকপঙুম ওইখিবতনি।,

২৪ ,। মপোক অমগী ব্রা খংবা ঙমব্রা ? ,। মপোক অমদা তৌরকপা থবকপু মপোক অমদা খংবা ঙম্বদি জ্যোতিষ বিদ্যান থরদং খংবা য়াই ,। মপোক হংবা হায়বদি ঈশ্বরগী থৌজান লৈব ঈশ্বরগী শক্তিগা লোইননা পোকপা মীনা মপোক খংবা ঙমই ,।

২৫ ,। মুক্তি হায়বা করিনো ? ,। করি উপাইনা ওইবগে ? ব্রহ্মদা তিনববু মুক্তি কৌই ,। ফংনবা উপায়দি সংসারগী সুখ, দুঃখ নচিংবা অয়িংবা, অশাবা খাংহনা হকচাংগী তৌবা হৌনবা বিষয় পুমনমক থাদোক্তুনা ব্রহ্ম হাইবদো ঐনি জগতি মিথ্যানি অস্থুমনা নিংহুনা ব্রহ্মদ তিনখিবদো মুক্তি কৌই ,। কর্ম্ম বিষয় থাদোকহুনা

ইন্দ্রি খুহম চন্দুনা নিংজবা কনবনা মুক্তি ফংখিবনি ,।
(বৌদ্ধ) ধর্ম্মগী মত্তদা মুক্তি ফংবা হায়বদি পেকলগা
শিথ্রবদো মুক্তি ফংথ্রবদি অম্মমনা লেপনরমই ,।

২৬। জ্ঞান হায়বা কর্ম্ম হায়বা করিনো ? ,। জ্ঞান
হায়বদি সংসারগী কর্ম্ম বিষয় মশক খংবা ঈশ্বরগী গুন
ধর্ম্ম , অধর্ম্মনচিংবা খংদবদো জ্ঞান কৌই ,। কর্ম্ম হায়বদি
জ্ঞান্না মরম ওইদনা সংসারগী তৌবা হৌনবা থবক
পুমনমক চাবা থকপনচিংববু খুদ খোংনা চিংবা ইন্দ্রি
পুমনমকনা তৌরুবদো কর্ম্ম কৌই ।

২৭। জ্ঞান যোগগা , কর্ম্ম যোগগা কনানা অথোইবনো
.। জ্ঞান যোগ হাইবদি ধর্ম্ম অধর্ম্মনচিংবা সংসারগী কর্ম্ম
পুমনমক খংলগা থোং খু নচিংবা নাকোং , মিৎনা
তৌবা হৌনবা চাবনচিংবা .চাহন্দত্তুনা মোত্তুগী মশক
ওইত্তুনা লৈবদো জ্ঞানযোগনি ।। খুংনদি পায়দে চিন্নদি
চাদে , মিংনা য়েংদে , নাকোংনা তাদে, হাংনা বিষয়
ককলগা মেন্নদি নিংশিং খনরে মত্তুবুদ কর্ম্ম যোগনা
হেললি । মোনগা লোইননা হকচাংগী তৌবা হৌনবা
মিংনা ঈশ্বরগী মুর্ত্তিবু য়েংজবা , নাকোংনা ঈশ্বরগী নাম
তাবা চিন্না নাম শোনবা অশুমনা ইন্দ্রি পুমনাকপু

হুরানবানচিংবা য়াওরুদনা মীবু নিন্দা তৌদনা নিংথিন। পুকনিং সেনা কর্ম্ম তৌরবদি নিষকাম ভক্তি হায়রি ৱা-জবগী মমন তান্দবী ভক্তি ফংই মানা অথোইবা ওইনরি,।

২৮। (সাকার) ঐথোয়গী ঈশ্বরবু নিবদা অরেপ্পা ঈশ্বরতবু নত্তনা ব্রহ্মা, শিব, দুর্গা, অম্মা ময়াম পুথোক-লুবা করি কান্নবগে? সাকার নিংই হায়বা তাকইব্রা? বালা দান্নচিংবা তৌরুবদো কান্নবগীরা? সাকার নিংইবা ধর্ম্ম অসিদ, শিব, ব্রহ্মানচিংবা মূর্ত্তি ময়াম পুথোকউবদি মূর্ত্তিশিংদো কর্ম্মচাদিনি ঈশ্বরগী য়াথং পুবা থবক তৌবা মূর্ত্তি ওংলুনি মথোইনা ঈশ্বর নিত্তরিবা লম্বি অসিদা অতোনবা বিদ্বি তৌগনবা লাইশিংগী বিদ্বি লাকপবু ওাকপীনবগীদমক মূর্ত্তিশিং অদুবু য়াথংনচিবনা খুরুম্বনি হায়জবনি অরেপ্পা ঈশ্ববনি হায়না নিংদে ঐথোইগী বৈষ্ণব ধর্ম্ম অসিদা যালীদান্নচিংবা নৈতে তার্য্যশিংনা চংনদে,। বলীদান হায়বসি বৈষ্ণব ধর্ম্ম নত্তবা অতোপ্পা ধর্ম্মগী মতান,।

২৯। ভক্তি হায়বা করিনো? ঈশ্বরগী খুয়াদা পুরিং মোন লাকশিন্দুং অনি লোংদবা পুক্কিংনা নিংতবা

পর্ব্ব দিন্নচিংবদা চরা হেন্দূনা ইবুংঙো মহাক্কী নাম শোক্কবা গুণ লীলাবু তাক্কবা হিংসাবাদ লৈতবা নাপীদগী হেন্না তোনথ্রবা মীনি হায়না নিংজববু ভক্তি কৌই,।

৩০। ভক্তিবু নত্তনা মুক্তি নিংবদা মহৈ লৈতে হায়বা করিনো? ঈশ্বরদি স্না, লুপা, ব্লাক্তে, চানবা শন্দেসনচিংবা পোৎ পুন্নমক ব্লাক্তে দাস, দাসীনচিংবা মশিং নাইদনা নৈ। থন্দূনা লৈরবা ঈশ্বরনি মরম অত্থুনা তোলবা লাইরবা ওইবা ঐখোয়না তন মচেৎ খরদং ফি মচেৎ অমতং পাইদুনা নাপনগা লোইননা কৎলুবদি লৈবিরোই মিংনম্নু য়েংবিরোইদবনি মরম অত্থুনা লৈজদবগী হৌনবা তন, মচেৎ অমতং পাইজরগা পুক্কিং শেংনা মিত্তা পিগী ধারা সিন্থহনা হিক্রা হিক্রা কপচহুনা পাপ চেনবা মিংচিনা ঈশ্বরগী শ্রীচরনবু চিংনা য়েংজহনা ননাই তোল্লবা, পাপ চেনবা, পাঙ্গল লৈত্রবা লাইরবনি মতিক চাবা নত্তে লৌবিনিংদ্রবম্নু অমুত্তদি য়েংবিয়ু হায়হুনা অমহং হকচাং পুন্নমক্কা লোইননা কচ্চরবনি ইবুংঙো কৃপা তৌহনা অরানবা পুন্নমক ঙাকপিহনা লৌবিয়ু হায়না কচ্চরবদি লৌবিগনি মরম অসিনা ভক্তি য়াওদ্রবদি মুক্তি সেবা তৌবদা মহৈ লৈতে হায়বা

খংনরে,। ঈশ্বরদি অয়াৎপা লেত্তবনিনা করিস্সু পান্নিদে মী অহগী প্রেম ভক্তিতবু য়েংবিহুনা লৌবনি। নাপন্না চিংবা চ.বা য়াদে প্রেম ভক্তি নত্তনা চান্নরবি গোপী সি নচিংবনা নাপন তৌরুবদগী অয়াবা ফংই। ঐখোইনা নাপন তৌরবদি করি ওয়রগনি প্রমান হায়ফম লৈত্রে। মতাং অসিদা খুত্তগী কলম তাথ্রে,।

৩১। জাতি তোঙান তেঙানবগী মরম করিনো? সা, উচেক্কী মতৌগুম্না তোঙান তোঙানব্রা? জাতি হায়বা অসি তোঙান তোঙান্না লৈ। উচেক্কী মনুংদা উচেক মশক তিন্নদবগুম্না সাগী মনুংদা সা মশক তিন্নদমগুম্না ওইবা জাতিগী মনুংদস্থ মথন য়ান্না খাইনা লৈরি ব্রাহ্মন, জাতি, ক্ষত্রি, বৈশ্য, শুদ্র অমুন্না খাইরি,' হায়রিবা জাতি মরিগী মনুংদি চল্লগা মপান্দা ম্লেস, গৌবন, হাও, ময়াং, হারি, চণ্ডান, অমুন্না লৈখি মাগী মাগী জাতিগী মনুংদা ঈশ্বর হায়বা নিংনবা মমিংদি তিন্নদবা অমমম লৈনৈ মাংদি সেবা তৌনবা নত্তমদা থবক পুম্নমক্ত সুসিখিত ওইবা, অসিখিত ওইবা অথংবা খংদবা নাইনা মকোক ওইবা মী থম্নরকই,! মতম খুদিংমক্তস্থ অফবা কুলদা পোক্তনাস্থ থবক

তৌরকপা কান্দা শিখিত ওইবা মীনা মকোক ওইরকই। মহাক্কা তৌ হায়বা মতুং ইন্না চৎনরি অমস্তু অচৌবা কুলদা পোক্তুনস্তু জ্ঞান লৈরবদি মকোক ওইবা য়াদবনা শিখিত ওইবা মীগী মরা লৌনগনি,।

৩২। জাতি পুন্নমক ঈশ্বরনা শেম্বা ঙাক্তনি মরম অসিনা জাতি পুন্নমকনা ঈশ্বর মহাকপু নুংশিদবা, নিংদবা লৈতে জাতি পুন্নমকনা ঈশ্বরবু নিংনরি,। ঈশ্বরবু নিংবা পূজা তৌবা কান্দা ঙমনবা হায়হনা ধর্ম্ম তাকপিরমই আর্য্যশিংনা ধর্ম্ম সাস্ত্রনা মরম ওইহনা ঈশ্বর পূজা তৌবা নহনা অশেংবা ব্রাহ্মনগী থবক অমা লৈতে আর্য্য ধর্ম্ম ঙাকনা চৎপনা অরেপানি থংনরে,। ক্ষত্রিয় জাতিশিংবু ঈশ্বরনা পূজা ঙাকনবা জাতি পুন্নমকপু ঙাকনবা হায়হুনা মগুন, শক্তি, হাপ্পিহনা থম্বিরমই। মরম অহনা ক্ষত্রি জাতিসিংনা মতম খুদিং মক্তা মপাম্বোমগী পাঙ্গন্না লনতাল্লগা ব্রাহ্মনসিংবু ঈশ্বরগী পূজা কাইদনা তৌহল্লি, জাতি পুমনমকপু ক্ষত্রিনা ঙাকই ব্রাহ্মনচিংবস্তু পিজ পীথকতুনা য়োকই। অসেংবা ক্ষত্রি জাতিনা লিংজেন য়ামনা ফন হায়থুনদা হোংদবা আর্য্য ধর্ম্ম ঙাকনা চৎলিবনি,।

৩৩। বৈশ্য শুদ্র জাতিবু ঈশ্বরগী সেবা তৌবদা ক্ষত্রি জাতিনা প্রজা ঙাকখিৎদা লল তানখিৎদা পূজা তৌরিবা ব্রাহ্মনবু ঙাকনবা ঈশ্বর সেবাগী পোং লাম্থোকপা, লানসিন্নবা মী লৈররোই হায়দুনা সেবাগী ধর্ম্ম তাকপিহনা ঈশ্বরনা মখোইবু থম্বীরমই। মখোই লৈত্রবদি ঈশ্বর সেবদা অশেংবা, অমাংবা থাইন ঈশ্বরগী সেবাদা অপ্রাধ লৈতনা তৌবা ঙমলোইদবনি। হায়খিবা জাতি অনি অসি অথোইবা জাতিনি অসাওবা, অরাবা খিদনা ঈশ্বরবু নিংবা কাংবু অমনি। জাতি ভেদ, মখল তোঙান তোঙান্না ঈশ্বরনা থম্বিরম্বা অসি য়াম্না অফবা মরম অমানি মরমদি অচৌবা, অপিকপা, নিংথৌ. লাক পতি ওইবা মী অম্মম থাইনা চংপা য়ারোইদবনি জাতি অমতা ওয়খিবদি ফিজেৎ চাকচা মান্নবা ওয়হনা মহৈ মহৈ উসিৎনদহুনা সেবা তৌনবা মী লৈরোইদবনি মসা মসানা খোংউপ পাইহনা চৎনরমগদবনি। জাতি ভেদ ঈশ্বরনা থাইনা থম্বিরমবনা অচৌবা, অপিকপা নাইখিবনি, জাতি থাইরমদ্রবদি মরুপশিংগী মমাংদা ইজৎ মাংলমগদবনি। ঈশ্বরনা শেম্বিরমবা মতুং ইন্না জাতি অমগী লমচৎ, জাতি অমনা লৌনদনা পান্নদবনা মাগী মাগী

জাতি মতুং ইন্না বিজাতিগী চিঞ্জাক বিজাতিগী ফত্তবা পোৎ ইশিংনচিংবা থকউবা লৈতনা মহাক মহাক্কী ধর্ম্ম কাইদনা চৎনবা অসিমকনা ফজবা ওইরি অমশুং আর্য্য ধর্ম্ম ঙাকপনা সংসারদগী লান্নবা উপায় ওইনরি।

৩৪। অফবা সঙ্গ তিন্নগা কান্নখিবা করি লৈখি?। অফবা সঙ্গ তিনবদগী ব্রাহ্মন মচা রত্নাকরনা সংসার পার তৌখি। মরমদি অচৌবা সাগৈদা পোকই সজাতিগ ধর্ম্ম ব্রাহ্মনগী লমচৎ চংখিদে বিজাতি ধর্ম্ম, মী হাংপনা চিংবা মীগী মপোৎ মুনবা হিংসাবাদ ওই। জীবনু নুংশিদে উরগা য়েবা, চৈবা লুৎপাৎ তৌনা ফত্তবা চিঞ্জাকনা মাগী সরুক ওইরমই। মতম খরগী মতুংদা সর্গ ব্রহ্মলোক্তগী ব্রহ্মা, নারদা, লাকপিত্নগা উনজবদগা ঈশ্বরগী কৃপানা মাগী মী হাৎপা হুরানবনা চিংবা লমচৎ পুমনমক থাদোকখিত্রনা ঈশ্বরবু অচেৎপা পূকচেন্না মরম ওইডুনা নিংজবদগী মমিং বাল্মিক মুনি হয়না খোন্দুনা রামায়ন পুরাণ লেংজবা ঙমখি। অফবা সঙ্গ তিন্নরুবা মরমনা ফত্তবা মিংচৎ লাইন কোকখি মরুপনা সর্গ কাবা মরুপনা পাতাল য়োবা ওইরি।

৩৫। রত্নাকরনা মী হাৎপা তোকখিবা করিনো?

মহাকনা ইহলোক, পরলোক অনিদা কানাবা লাইরিকপু তমহৌদবনা মী অমনা তৌবা পাপপু মী অমনা পুবা য়াদে পাপ কর্ম্ম তৌরিবা মী মথন্দা পুজে হায়বা থংদবা মরমনা হিংসা তৌরুবনি। ঐনা তৌজবা কর্ম্মগী পাপ পুন্যগী ফলদি ইথন্দা ফংজৈ হায়বা থংলবদি পাপ কর্ম্ম তৌরোইদবনি। খংলবা কান্দা মী হাৎপা তোকখে তেংশিনদ্রে

৩৬। ঈশ্বরবু নুংশিরগা করি কাম্নবগে? ঈশ্বরবু নুংশিরগা লানবা ঙমদ্রেবা সংসার সমুদ্রবু লানবা ঙমই। জাৎ তেংল্লবী চিঙ্গাক ফত্তবা চারবী শ্রীধাম বৃন্দাবন্দা পোক্লবী পুলিন্দা হাও নুপীসিংনা ঈশ্বরবু নুংশিজবনা নুমিৎ খুদিংগী কাওজদবা মরমদগী শ্রীকৃষ্ণবু উজবনচিংবা ফংজখি। মরম অদুনা ঈশ্বরবু অকাওবা লৈতনা নুংশিজরবদি জাতি ফত্তবদা পোক্লনমু মতন অমদা ঈশ্বরগী কৃপা থৌজাল অমুক্ত দি সোইদনা ফংহনবী। হায়রিবা মথোই অসিনচিংবা ঈশ্বরবু নুংশিবদগী কৃপা ফংখিবা কয়ামুক লৈখ্রি। হিংচাবগী জাত্তা পোকলবা মপাস্থু ফত্তবা অঙাং ওইরিঙৈদা শিকম লাংফম অকনবনা তিন-ড়বা মাবু পোকপা মপামক্ম মচাগী মথন্নাই মাংনবা

মৈদা, ঈশিংদা, খুৎলাই অথোবনচিংবদা শিরসন্থ হায়না লাকনখ্ৰবা প্ৰহ্লাদনা শ্ৰীহরিবু থৱাই মন য়াওনা মুংশিজবা হরিগী নাম্বু শোঞ্জবদগী নিংথিবা হরিগী থৌজাল ফংখি। মাগী মপান্না ফত্ৰবা মপাম্ম হরিবু য়েক্লবা ওইরুৱদগী নিংথিবা খুবম ফংখি।

৩৭। (অসৎ সঙ্গ) সঙ্গ ফত্তবা আৰ্য্য ধৰ্ম্ম ঙাক্তবা সিংগী মৱা লৌবা, ঈশ্বরবু ফংশিদবনা, মীগী মপোৎ পামলুবদগী মাংবা দুৰ্য্যধন নিথৌনা মরু ফংনা মাংখি মহাকনা তিম্নরুবা নিংথৌ ময়ামনা অৱাবা ফংখি শিনখি। মহাককা গুরুজন শিংগী য়াথং ঙাকপা থাম্বা য়ারম্লবা, ফত্তবা সঙ্গ তৌদুনা ৱাতনরমদ্রবদি মতম কুইনা নিথৌরেন ওইদুনা লৈরমগদবনি ভারতগী অচৌবা অথোবা মী সিংস্থ মতম কুইনা লৈরমগদবনি।

৩৮। ৱাহৈগী অৰ্থ খংদবনা মাবা করি লৈ? মাতৃবৎ পরদারেষু, পরদ্রব্যেষু লোষ্ট্রবৎ। মী ওইবনা পোকলগা হন্দোক্লুনা মাদ্রবা লাইরিক কৌবী বিদ্ধা অসিবু তমহৌদবনা মথক্তা হায়রিবা ৱাহৈ থরসিগী অৰ্থ য়েংহনা ৱাখন তৌদবনা মীগী মত্তুবু ইমা ইমাগা মাননৈ য়েংহৈদে হায়বা, মীগী মপোৎপূ সনা, রূপা, ওইদুনসু

তেংপাক লৈতুমগুম্বনি উৎকুম্বনি পামকদে হায়বা খ দবনা মীগী মপোৎ হুরানবা, মীগী নুপী য়েংউবনা কয়া ইকাইবা নংইবা খন্দুনা য়েংউ মরুপসিংগী মমাংদা ইকাইবা কয়া নংলবা সিরগা ঈশ্বরগী য়াথং মতুং ইন্না যমগী দণ্ড তৌবা নগুনা মী ওইনা পোকপা মান্নগা মী মহাকনা মী মহাকপু দণ্ডি তৌহল্লিবা। মী মহাকনা মী এবু দণ্ড তৌহনগদবগী সরুকপুদি মপোক অসিগী নুপি মশক য়েংদনা শিখিবনা অমসু মীগী মপোৎ হুরানগদবগী সরুকপুদি মপোক অসিগী খুত্তা রুপা অমতা পায়দনা প্রান নাখিবনা ফে। জ্ঞান লৈতবা অসিক্ষিত ওয়বা মীনা পরভার্য্য য়েংবনি মীগী মপোৎ হুরানবনি। সিক্ষিত ওইবা আর্য্য ধর্ম্ম ঙাকপা মীনদি হুরান্দে মীবু দণ্ডি তৌহনদে।

মীগী নুপি পাম্বদগী রাবন মহারাজনা কয়া রাখিবা ভগৎকী মমা ওইবি ঈশ্বরগী নুপী সীতাবু পাংগলুবা মরম্না শাগৈ লোইনবা মচা মশু তুম্না মাংখি মতিক চাই ঈশ্বরদা লাজরুবননি। মীগী মশল মন ই পাম্বদগী দুর্য্যধন মহারাজনচিংবা তেঙ্গোল মীয়ামনা মমুমদগী নিংখিবা ফিজেৎ পুম্মনক মুলহৌহনা মযুম হল্লকপা কান্দা ফি সেংলক্তুনা নুপী অঙাংগী মমাংদা ইকাইবা কয়া

নাখিবনো মীগী মপোং পামদ্রবদি ইকাইবা নংলোইদ -
বনি।

৩৯। লাইরিক হৈবনা করি কান্নবগে? লাইরিক
হৈবনা অরেম্বদা মাবা লৈতে। ইহলোক্তা, পরলোক্তস্ত
মাবা লৈতে লোক অসিদা চংখি চংখিবা মফমদা চন্নাদবা
লৈতে মযম মফমদা মাবু মীনা শনমানতৌই অফিস
খুদিংদা মহাক্না অচৌবা ওইদুনা অয়াম্বা মীগী বিচার
পতি ওইদুনা অরানবা, অচুম্বা খাইনা বিচার তৌবা
ঙমই। মানা হায়বা মতুং ইন্না চংনৈ। মাগী নিংখিবা
কাইদবা ধর্ম্ম বিচার উরগা মী পূমনমকনা মাবু থাগংনৈ
মাসি মতমগী মতু ইনবা ৱাহৈনি। অনিশুবা রাঙাংদি
লাইরিক তমদুনা ময়েক পূমনমক খংজবা ঙমলহনা নিংখিনা
উচ্চারন তৌদুনা পারকপাদা ঈশ্বরগী নাম শোনবা ওইরে
মরমদি লাইরিক ময়েক হাইবসি ব্রহ্মগী মশকনি ময়েক ময়াম
অদু নিংথিনা খজবা অংমকনা সর্গনচিংবা ফবা য়াই।
মাদুদগী অহেনবা বেদনচিংবা তমজহনা ঈশ্বর ফংনবগী
লম্বি পূমনমক য়েংজহনা ঈশ্বরগী মগুন খংনা ধর্ম্ম অধর্ম্মনি
হাইবা পাপনি পুন্যনি হাইবা খংনা চংতুনা ঈশ্বরবু
ফংবা য়াই।

৪০। ব্রাহ্মন, ক্ষত্রিনচিংবা জাতি মরিদগী অহেনবা করম্বা জাতি লৈবগে ?। বিস্বকর্ম্ম, ঘৃতাচিনা পোকলম্বা মহৈগী মচুং ইন্না জাতি নিপান লৈরি। লৈ লেংবা হৈবদগী মালাকার হাইবা জাতি লৈ খোংনাবা মন্ত্রনাচিংবা সাবা হৈবদগী কর্ম্ম কার হাইবা জাতি লৈ। মে ইবুং খোংবা হৈবা সেম্বা সাবা হৈবদগী শঙ্খ বন্নিক হায়না কৌবা জাতি লৈ। লংনচিংবা ফী সাবা হৈবদগী তন্তুবায় হায়বা জাতি লৈ। লৈপাকনা চক্রুনচিংবা সাবা হৈবনা কুম্ভকার হায়ব জাতি লৈখি। উনা খেংতনা পোং সাবানচিংবা হৈব শুত্রধর হায়বা জাতি লৈখ্রে। শিনাবা চিন্নাবা স্না রুপা সাবা হৈবদগী শ্বর্ন কার হায়বা জাতি লৈরি লায়নচিংবা য়েক খোংপা হৈবদগী চিত্রকার হায়বা জাতি লৈখ্রে। জাতি নিপান অসিদি লাইগী মচানি মখোইদি খুংনাইবা ওইরবস্থু অকবা জাতিনি। জাত্তাবা নত্তে।

৪১। জাতি নিপান্দগী অহেনবা লৈব্রা ?। সজাতি ধর্ম্ম ঙাকনা চত্তবদগী পতিং ওইবা জাতি ময়াম লৈখি। ব্রাহ্মন্না ঈশ্বরবু নুংশিদবদগী ঈশ্বরগী সেবাদা মমন লৌহুনা থাগী তলবনচিংবা, চহি চুপনা মমল লৌহুনা সেবা

তৌবগী দেবন কৌবা ব্রাহ্মন জাতি লৈ।

শুদ্র কন্যাগা চিত্রকার নিপাগনা পোকপা মচা অট্টালিকা জাতি লৈ। অট্টালিকা নিপা কুম্ভকার নুপীনা পোকপা কোটক জাতি লৈ গৃহকারম্ব কৌই। কুম্ভকারগা কোটক নুপীগনা পোকপা তৈলকার জাতি লৈ। ক্ষত্রি নিপা সীমন্তিনীগনা পোকপা তীস্তড় কৌবা জাতি লৈ তীবর জাতিগী নিপা তৈলকার নুপীনা পোকপা লমচংস্ব ফস্তবা মরমনা লেট জাতি পোকই।

লেট জাতিগী নিপা তীবর নুপীনা জাতি তরুক ৬ পোকখি অহানবা মচা অনিনা মল্ল জাতি ওইখি। অহুম শুবা মচানা মতর জাতি ওইখি। মরি শুবা মচানা ভড় জাতি ওইখি। মঙা শুবনা কোল জাতি ওইখি। তরুক স্নুবনা কলন্দর জাতি ওইখি। ব্রাহ্মনীগা স্নুদ্র নিপানা পোকপা চণ্ডান জাতি লৈখি। তীবর নিপা চাণ্ডাল নুপীগনা মুচি জাতি পোকই। মুচি নুপী তীবর নিপানা কোচ জাতি ওইখি। কৈবর্ত্ত নিপা কোচ জাতি নুপীনা কাণ্ডার জাতি ওই। লেট জাতিগী নিপা, চাণ্ডান নুপীনা পোকপা জাতি অনি লৈ হারি, জাতি ডোম জাতি লৈখে। হারি নুপী চাণ্ডান নিপানা জাতি

মঙা পোকই হৃষ্টনি বনচর জাতিনি ।

লেট জাতি নিপা তীবর নুপীনা গঙ্গাপুত্র কৌবা জাতি লৈখে । বেশ ধারী নিপা, গঙ্গাপুত্রগী নুপীনা যুগী জাতি ওয়। বৈশ্য নিপা, তীবর নুপীনা শুড়ি জাতি ওয়। শুড়ি নুপী বৈশ্য নিপানা পুড়ো জাতি ওয়। ক্ষত্রি নিপা কায়স্থ নুপীনা রাজ পত জাতি ওয়। আগুরি জাতিসু কৌই। মতম অসিদা বৈশ্য নুপী ক্ষত্রি নিপানা কৈবর্ত্ত জাতি ওয়খি। ধীবর নিপা, তীবর নুপীনা (রজক) দোবি জাতি ওয়। তীবর নিপা, জরক নুপীনা কোদালি জাতি ওয়। নাপিত নিপা, গোপ জাতি নুপিনা সর্ব্বসী জাতি ওয়। ক্ষত্রি নিপা সর্ব্বসী নুপীনা ব্যাধ জাতি ওয়খি। ব্রাহ্মনীগী ঋতু অহানবা দিন্দা ঋতিনা পোকপা কুরি জাতি লৈ।

বৈশ্য নুপীগী অহানবা ঋতু দিন্দা ক্ষত্রি নিপনা পোকপা বাগাতীত জাতি লৈখে। ধনুকসুং কৌই। শুদ্র নুপীগী অহানবা দিন্দা ক্ষত্রিনা পোকপদি ম্লেচ্ছ জাতিগী মনুং চনবা পাউরি, শুড়ি, নড়ি কৌবা জাতি অহুম লৈখে। মরম অসিনা শজাতি ধর্ম্ম মতু' ইন্না চংপনা অখোইবা ধর্ম্মনি। অতোপ্পা জাতিগা তিন্নবদি মতম অমদা অমুক্তং

শোইদনা ধৰ্ম্ম মাংবা ওইগনি. বিজাতিগা তিন্নবদি ধৰ্ম্মগী মরমদা কাইদনা তিন্নবগী অধৰ্ম্মগী মরমদা তিন্নবা ফত্তবা ওই।

৪২। অরেপা ধৰ্ম্ম চৎপা হায়বা করিনো?। সৎসঙ্গ তিন্দুনা নুমিৎ খুদিংগী ঈশ্বরবু পূজা তৌজবা হরিগী নাম্বু শোঞ্জবা মতম লৈবা থিবিক্তা হরিবু নিংশিংজবা তীর্থ স্নান তৌজবা, মীনম্বা ঙাংদবা, অধৰ্ম্ম চংতবা, অতিথি সেবা তৌজবা ঈশ্বরদা, ব্রাহ্মনদা. গুরুদা ভক্তি কাইজদবা, মপা মমাদা ভক্তি ব্যভার কাইদনা, লাইরবা মীবু পিজবা মী পুন্নমক্কা চান্নবা. মীবু হিংসা তৌদবা মীবু নিন্দা তৌদবা, অসিগুম্বা লমচৎ অসিনা চিংবা ধৰ্ম্ম চৎপবু অরেপা ধৰ্ম্ম চৎপা কৌই।

৪৩। লেপ্তবা ধৰ্ম্ম তৌবা করিনো?। মমাংঙৈদা অবসন্তী নগরদা ধৰ্ম্ম হরিধৰ্ম্ম কৌবা ব্রাহ্মণ অমনা মচা নিপা অহুম পোকখি। মচা নিপা অনিনা মপাগী বেদ খংবা ধৰ্ম্ম মতুং ইন্না ঈশ্বরবু নিংজহুনা নিংথিনা খুঙম ঈশ্বরগী লক্ষ্মী ফংখি। মচা নিপা অমনা লাইরিক তমদে সান্নবা, কোইবা, হিংসা তৌবা, অধৰ্ম্ম চৎখি। সতি ওইরি মমানা মপুরোইবগী য়াথং মতুং ইন্না চাক্তা উৎ

হাপ্তুনা পিজৈ নুমিৎ অহুদগী হৌনা য়ূমদা হঞ্জিদ্রে চণ্ডান খুঙ্গংদা চংথিহনা চণ্ডান নুপি লৌহনা লৈথি। মশাদা ব্রাহ্মনগী খুদম লুগুন অমতং য়াওই। চণ্ডানগী চিঞ্জাক চাখে। মতম খরগী মতুংদা নুপী অহনা স্না শিবীয়, খুজী লিক শিবীয়, নভ্রবদি ঐ নঙোন্দা লৈররোই চংলগনি হাইরকই। ৱা অহ তারবদা ঐ স্না থিরুগে নংয়ুমদা লৈরমউ হাইহনা যাদব কৌবা ব্রাহ্মন মচানা কোইনা চংলকলে স্না, পাম্বগী মরমনা সা, কৈ, নোংসানচিংবা অকিবা পুম্ননক থাদোকতুনা জঙ্গোল লান্দূনা লাকই। মতম অহদা নুমিৎ তাখে অচৌবা উপাম্বী অমদা য়োংগী মতৌগুম্না কাখত্তুনা লৈ মফম অহুদি ব্রহ্ম লোক্তা দেব সভাগী নিতিগী লাইরিক হাইবা চংলিবা নাড়িজঙ্গ কৌবা উরোক অমা লৈ। ধর্ম্ম সাস্ত্র খংবা ধর্ম্ম লৈবা পণ্ডিত ওইবনি মহাকনা মী লৈরে হাইহনা হংলকই। নং কাননো?। যাদবনা খুমলক ঐগী পরিচয় কোম্না হায়জগে। ঐগী অরাম্বা, খৌরাংবা অসি অমুক্তা কোকহনবিখো ৱা তারবদা ধর্ম্ম খংবা নাড়িজঙ্গ উরোকনা অতিথিগী সেবা তৌরে। মভুংদা মপুক থল্লহনা মহাক্কী পরিচয় তাকখে। মুপীগী স্না শিনবা

থিরিবনি হাইবা থংলহুনা স্না রুপানাচিংবা দান তৌবা যক্ষরাজগী ময়ুম হিমালয় চিং মনাক্তা গঙ্গা মপান্দা লৈবনি ঐগা চান্নবনি ঐগী ইগিং পন্দূনা হায়রবদি য়াম্না লুনা তৌরমগনি চৎলো অহাং পাংনা। ব্লারম অহু তারবদা যাদব কৌবা ব্রাহ্মণ মচানা বন জঙ্গোল-নচিংবা লান্দুনা যক্ষরাজগী কোন্নুং য়ৌরকলে। মাবু থোংঙাকপনা ক রে নং কাননো কদাইদগী লাকপনো। ননিং করি কৌই কমদৌনা লাকপগে ? ব্লারম অহু তারহুনা খুমখি। ঐ ব্রহ্মণ মচা লাইরবনি ঐগী পরিচয় থোইনা হায়নিংঙাই লৈজদে বন্দা কোইনা চত্‌না লৈজবনি। যক্ষরাজ উনজগে হায়না লাকচবনি।

মতম অহুদা হুংনা হায়খি নংঅসিদা লৈব, নিংথৌ উনাবা মতিক চাদে চংলো মতিক চাবা দণ্ড তৌগনি নংবু কন্থিনাবা মী লৈরোই। ব্লারম অহু তারবদা ব্লাখল্লা ব্লারম ওয়হুনা হায়খি ঐনা লাকপাসে করিস্নু খংজবা নত্তে নাড়ী জঙ্গ উরোরা বকম অসিদা চৎলগা নঙ্গী অব্লাবা কোক্কনি নিংবা থুঙ্গনি হায়হুনা লাকচবনি। ব্লাহু তারবদা থোংশংবানা হায়খি হিঃ করিনো অওয়ব্রা, নিংথৌগী মরুপ চান্নাবনি মাগী পাও পূবা মী ওইব্রা হায়হুনা

নং অসিদা লৈরমখো হায়দুনা মনুংদা চেনসিনখ্রে নিংথৌদা হংলুরে নিংথৌনা পুরকউ হায়দুনা য়াথং মতুং ইন্না পূসিন্দুনা উনরে। নিংথৌনা হংই ঐগী মরুপ চান্নাবা নাড়ী জঙ্গ পণ্ডিৎ কমদৌনা লৈহৌই ঙসি লাক্লরোইদ্রা মরম করিগী থারকইবনো ?। নিতিগী অয়ুক লাক্কদবনি লাক্লরোই হায়ব্রা। যাদবনা খুমই মহারাজগী চান্নাবা নাড়ী জঙ্গদি মঙ্গল ওয়রি মহাকক্লা ঐবু মফম অসিদা স্না, রুপা, য়াম্না ফংই হায়না তাকপিহনা ঐগী নিংজবা আসানা লম্বী ওয়হনা লাকচবনি ঐবু সাওৰিগনু। বা অদু তারবদা নিংথৌনা হারকই ঙসি লৈরো নোংঙাল্লগা নিতিগী ব্রাহ্মণ পুজা লোইরগা নংনা ঙমবা পূগদবা স্ন পূখো। নিংথৌনা হুত্তা হায়খি ব্রাহ্মণগী মতিক চাবা সেবা, লৈফম নিংথিনা তৌ নোংঙাল্লগা অস্নান ক্রয়া লোইরগা পুরকউ। য়াথং মতুং ইন্না থমই সেবা তৌই দুংনা।

নোংঙাল্লগা স্নানক্রিয়া লোইরগা মতম চানা পুদুনা লাকলে। যক্ষরাজনা ব্রাহ্মণ (১০০০) অমা পুজা তৌদুনা ভোজন লোইরে। মনি মুক্তা স্না মিপোৎ অনি দান তৌরে। যদব কৌবা ব্রাহ্মন্না ইকাইবা হুন্দোকদুনা হ য়রকই

মহরাজ লুখাক ওইবা হুন্দোকদোবা স্নাগী পাত্র ময়ামশে ঐ লৌজগে হায়রকই। অহ তারবদা নিংথৌনা নোক্নূনা খুমলকই পুবা ঙম্বা মখৈ পুবিথো নিংবা থুংনা রা অহু তারবদা হরাউজরহুনা কুংঙাইবনা জগোই শারকই। স্না মিপোং অরুম্বা পুদুনা জাতি ধর্ম্ম ঙাক্লুবা যাদবনা অসোংবা বোন মনুংদা লাকহুনা নাড়িজঙ্গী লৈযম য়ৌরকলে। মরুপ অনি উসাদা লৈরে নাড়িজঙ্গনা য়ুথক অনি জাগরন তৌরগা ব্রাহ্মণ মচানা তুমখ্রে। য়ুথক অনিগী মতুংদা ব্রাহ্মন্না জাগরোন তৌরগা নাড়িজঙ্গনা তুমলে মতম অহুদা যাদবনা খল্লি নোংঙাল্লগা ঐনা চৎপদা লম্বিদা চানবা পোং করি অমতম্ভু ফংলরোই মরম অসিনা উরোক অসি হাৎলগে হায়হুনা সহায় তৌরিবা মরুপপূ হাত্তূনা পোং মথক্কা পুন্দূনা চৎখ্রে। যক্ষপুরদা নিংথৌনা বক বন্ধু লাকপ কান থেংখ্রে করিন-নো লাক্লুবা অরাবা বিপদ্ ফংবা তারে সোইদনা চৎলো হুং নাখোইন থিরুরো হায়চনা যক্ষগী হুৎসিংনা স্বরথিংহুনা অকাসদা পাইহুনা থিরকপদা চণ্ডাল ব্রাহ্মন্না পোং মথক্কা পুন্দূনা পূরা উরক্লে। মহাকপু মতিক চাবা দণ্ডিগা লোইননা পুন্দুনা পূরকলে যক্ষগী কোনুংদা।

অসিবা উরোকপূ উরগা যক্ষ নিংথৌনা মিত্তগী পী শিন্থহুনা হংলকই। লমচৎ ফত্তবা নংনা করিগী হাৎলিবা নংগী উপায় তৌবা ধর্ম্ম কাইদবা উরোক্কি সহায় তৌরিবা মরুপপু হাংপা নঙ্গী থরাই হাংপনা মতিক চাই হায়না ইঙ্গিং পিহনা দুৎসিংনা চণ্ডান ব্রাহ্মণ হাংখে মতম অতুদা ব্রহ্মলোক্তা ব্রহ্মানাচিংবা দেবগোন্না নিতিগী ঐগী সভাদা লাইরিক হায়বা নাড়ী জঙ্গ উরোক লাক্লে হংয়না ধ্যান তৌহনা য়েংবদা খংলহুনা যক্ষালয়দা লাই ময়াম লাক্লে। অরাবনি অরাবনি হায়হুনা ব্রহ্মানা কমণ্ডলু গী ঈশিং চায়হনা উরোক হিঙ্গৎলে। নাড়ী জঙ্গনা ব্রাহ্মণ মচা কদাইদা চখে হংই যক্ষরাজনা ব্রাহ্মণ মচাদি দুৎসিংনা হাংখে খুমই। উরোকনা হায় হায় মাংলে মাংলে। ব্রাহ্মন হাংপগী দোষনা প্রায়চ্চিত তৌবা তারে ঐ অমুক শিজরগে হাইনা রাশকলে।

উরোক্কী অরেপা ব্রাহ্মণবু কনবা উরহুনা ব্রহ্মানা হায়খি যক্ষরাজা শিরবা ব্রাহ্মন মচা কদাইদা লৈ পুরকউ হায়বদা ডুৎশিংনা পুরক্লে শঞ্জীবনী মন্ত্রনা হিংহল্লে ব্রাহ্মন মচাবু। মতম অদুদা চণ্ডান ব্রাহ্মণা ব্রহ্মানাচিংবা দেবগনবু উজবা সাধুজন তিন্নাজরুবদগী চণ্ডানগী ধর্ম্ম

পাপ কোকথিহনা লাই ময়াম্বু খুরমজরে ঐগা মান্নৈনা তোম্বা পাপ চেম্বা অমা লৈত্রে ব্রাহ্মনগী কুল ধর্ম্মবু খাদোকহনা চণ্ডান নুপী লৌহনা চণ্ডানগী ধর্ম্ম চৎলুবদগী উপাই তৌবিবা মরুপপু হাংলুরে হায়না জ্ঞান তারক্কনা বনগী মনুংদা ঈশ্বরবু নিংরা হৌরকলে। দেবগন্না দেব লোক্তা চৎখ্রে। য়েংউ ব্রাহ্মন সাগৈদা পোক্লগা চণ্ডান সঙ্গ তৌরুহনা মপানা লাইরিক তমউ হায়বা য়াদহনা অৱাবা কয়া নংখ্রবা।

সৎ সঙ্গনা কান্নবা হায়বসি মগুন কয়া চাওবা অহিং অমতঃ পণ্ডিৎ ওয়বা ধর্ম্ম লৈবা জ্ঞান লৈবা নাড়িজঙ্গ উরোক্কা তিন্নজবদগী স্না, রুপা পীহনা লৈবা ফংদ্রবা ঈশ্বরগী প্রেম ভক্তি ফংহনা চণ্ডান ব্রাহ্মন্না লাইনা অৱানবা খুবম ফংখি। সৎ সঙ্গ তিনবনা সংসারদা লান্নবগী মরু ওইবা উপায় ওইরি।

৪৪। পুকনিং হকচং খুদম চনবা হাইবা করিনো। দেহ পুবা মী ওইবগী মসাদা লেপ্তুনা হকচাং অসি লৈবা য়াদে অহানবদা অঙাং ওইরমই। মতুংদা যুবা মথোনকারকপা ওই। অহুগী তুংদা বৃদ্ধা, অহন ওইহনা অহুম লৈবা য়াদে। জরা ফকচিনবা লাইথংনা

তিন্বা ওই। মতু'দা মৃতু শিবা হায়বা অমুক ফংই।
অঙকপা মী ওয়বগী মপোক অসে। অমুক পোকপা
অমুক শিব নাইরি লেপ্তুবা সংসারনি। খন্দুনা য়েংউ
(অহঙ্কার অহঙ্কার) ঐদি শক ফজবনি ঐদি ফম্নাইবনি
অচৌবা কুলদা পোকই হায়হনা নাপন তৌরিবা। লু
লুক্কুনা খন্বদা করি লৈবগে। ইমানা ইপানা পোকপিরে
নুঙঙাইরে হাইরিবা করিনো শো'দনা শিগদৌরি খংনরে
শিরগা মাইকৈ কদোমদা চৎকদৌরি চংফম খ'দে
লৈরুফম খংদে অমম্বনি (অন্ধকার অন্ধকার) অসিগুম্বা
সংসারবু উবদা সাধুসিংনা করিস্থু ৱাবিদে করিস্থু ঙকপিদে।
অৱাবা নুংঙাইবা অনিবু চপ মানানা উরবা মীদো পণ্ডিত
অথোয়ব মীনি মিকুপ অমতদা শিদ্রনা মাংখরগদবা
হকচাং অসিদা অভিমান, নাপন তৌহনা লৈননি।
তেল্লিদা সরু, উনসা, তোংসা বৃজ্জনাচিংবনা তিনবা
সেংদ্রেবা হকচাংনি মাংখ্রগনি। নিংথিরবা নামবু সোল-
হৌদ্রে। মায়ানা শুমহত্তুনা জ্ঞান মাংহন্দুনা নুংশিনহল্লি।
লেপত্রবা সংসারদা মিথ্যা তৌহনা ঐগী ললনি, ঐগী
মীনি, ইমা ইপানি, ইচানি, ইনাও, মরূপনি, ভার্য্যানি
হায়রিবা মখোইসে করিস্থু নত্তে অশেংবদি ৱানবগী

থৌরীনি। মায়না ঙকৃহন্দুনা —নুংশিনাহল্লি। সিরগা কনাসু লোইনহুনা চংপা য়াদে। ইথন্দা পোকলকই। ইথন্দা চংকদবনি লৈরুক্ফমসু থংদে কদাইদনো। য়েংবদা খল্লুবদা অমম্বদা মঙাইরে। পোকলবদি শোইদনা শিগদবনি, সিরবদি লেপ্পা পোক্কদবনি। ইমাগী গর্ভদা কয়া য়ানা খাঙ্গনি। প্রমানদি শেগাইরবা ফী হুন্দোক্তুনা অনৌবা ফীজেৎ অমা লৌবগুম্না বিধিনা তম্বগী মতুং ইন্না অরাবা নুংঙাইবা চিঞ্জাক্ক চাহুনা লৈগদবনি। হকচাং অসিতা মাংজগনি আত্মাদি মাংদবনীনা দেহ অমদা চোংশিন্দুনা লৈহৌগনি। ঈশ্বরদি য়াংপিবা নত্তে। পুক্নিং তপথনা খন্দুনা য়াম্না ফংলবসু হরাওদবা ফংদ্রবসু অরাবা খন্দবা নুংঙাইবা অরাধা চপ মান্নানা ইন্দ্রিয়বু বিধিগী মতুং ইন্না খুহুম চন্বনা অথোইবা সাধু মহাজন কৌই। অহুগুম্বা শেংলবা দেহনা ঈশ্বরগী শ্রীচরণবু ফংজগদবনি। বিষয়দা পূক্নিং চংহুনা লৈতবা মীগী লল পামদবা, হিংসাবাদ তৌদবা মীবু য়েক্লবা লৈতবা, পাপ, পুণ্য, ধর্ম্ম, অধর্ম্ম চপ মান্নহল্লগা খম্বান মনাদা লৈরবা ঈশিংগুম্বনি হায়হুনা ভার্য্যা পুত্রবু নুংশিবা থাদোক্তুনা ঈশ্বরগী চরন্দা প্রেম ভক্তি কত্তুনা নিংজবা মীনা সংসারগী কর্ম্ম বন্ধন থাদোক্তুনা

ঈশ্বরগী শ্রীচরণবু ফংজগদবনি।

সংসারদা ৱানা থাংহুনা লৈবদি করম্বা দিন্দা থাদোকপা ঙমগদগে। দেহ নংগী চান্নাৱ কনা লৈবগে সংসারদা চান্নাবা মরুপ্পা য়েকনাবনি। সিরগা রুপা, সনা, পুনো চংপা য়াব্রা নুংশিরবা নচা, ননাই, নুংশিবা নুপী লোইনহুনা চংমিন্নবা য়াব্রা। য়েংউ থন্দুনা নুংশিদা বাজী বাজী হায়রহুনা মৈ থাদোকলগা নোক্কুনা বাজীনা সনা, রুপা করি থনমই, হায়রহুনা হিংসাবাদ ওইহুনা লৈ-হৌগদবনি। অহাওবা চানিংবা য়াম্ন তেকখ্রনি, ফজবা নুংশিবা উরগা পাম্বা মিংস্নু উথ্রোই। মাইগী লেত্তে ওয়বা শমস্ন মুল্লহনা ঙৌরক্লে। নিংথিব হকচাংস্ন লেম্ব য়াদ্রহনা খুত্তা চেশু পাইহুনা চলক্লে করি খল্লিবগে হুজিক ফাওবা নঙ্গী অপাম্বা নুংশিব ৱাথল থাদোকত্রিব করিনো ?

নংগী চৎফম লম্বী য়েংউ সোনবদা ৱাদ্রবা কৃষ্ণ হায়বা ময়েক, রাধা হায়বা ময়েক অনিতবু মতম থুদিংদা শোন্নিংদব্রা। কাওগন্ন ৱাথল তৌ শিবা হায়বা অসি নহানি, অহন্নি হায়বা য়াদে। মীগী মপোৎ, মশেন পাম্বা মিথ্যাবাদ তৌবা চানিংব করিনো তুঙ্গী

য়েংউ। হোরেন হয়েং শিগনি থংদে পাপ কর্ম্ম তৌথিগে পূনসি ন সাদোকউ হায়বা য়াদবনি নিংশিংউ কাউগন্নু মীগী নপোং পামগন্নু মীগী মশেন চানিংগন্নু।

৪৫। দান তৌবনা করি কানবগে? কান্নবা মরম লৈ পুকচেল শেংবা ঈশ্বরদা কন্নখিবা লল্ মীওোন্দা দান তৌখিবা মাংবা লৈতে সরুক হুংনা হুংনা হেনগৎনা ফংই ঈশ্বরনা মাংহনবিদে। ইহলোক্তা মাবু থাগৎনৈ শিখ্রবস্থু মাবু মীনা শোন্নে। শিখ্রবস্থ ঈশ্বরনা মাগী লল হুংনা হেনগৎনা ধর্ম্মীরমই হায়না ধর্ম্ম সাস্ত্রনা তাকপিরি। ঈশ্বরদা দান তৌখ্রে মীওোন্দা পিথোকখ্রে হায়নুনা মী মহাকনা চাকহেন্দে ব্লাত্তে ঈশ্বরনা মাগী ব্লাত্তনবা তম্বী। কর্ম্ম মহারাজনা মচা ফাওবা দান তৌই ঈশ্বরগী কৃপানা মচা মরন, করিস্থু ব্লাংহন্দে হৌজিক ফাওবা মাবু মীনা থাগৎনৈ। কর্ম্ম মহারাজদগী হেনবা অচৌবা দাতা কয়ামূক লৈত্রী। সংসার অসিদা স্না, রূপা ব্লাত্তবা মীনা নশক ফজবা ওইবা। কৎনিংবা কৎপা ওন্ধা ওইরিবদি পূর্ব্ব জন্মদা তাঙ্গরকপা লল্ ওইবনা ওমজবনি পোকচবগী তোংজরে থংলে। ধর্ম্ম শাস্ত্রনাস্থু প্রমান ওইনরি। সংসারদা পোকলগা কৃষ্ণদা

করিহম্বা নিংথৌবা কৎপা উমদবা চানবানচিংবা রাংপা মীদি পোকপগী তোঙদবনি দান তৌরক্তবনি খংনৈ। মানা মানা তৌরকপা, নিংজরকপগী মতুং ইন্না সংসারদা ফংজবনি হরিবু লুনা নিংজরকপা মীনা হুভিক হরিবু নিইবনি। শিব নিংবা মীনা শিব লোক ফংই। স্বরারেন নিংবনা স্বর্গদেব ফংবনি। ব্রহ্মা নিংবনা ব্রহ্ম লোক ফংই। গুরু নিংবনা গুরু ফংই। অসুমনা মানা মানা তৌজরকপগী মতুং ইন্না ফংবনি অপিক অপিকপা লাই ওইবা ব্রহ্মা স্বরারেন্নচিংবগী মমিং ওইবা হনদৃবা লাইবু নিংবা পান্নরি। আর্য্যশিংনা হেনগৎপা লাই ঈশ্বর নিংবা পান্নে। অচৌবা খুভমনচিংবা ফংববু তান্নে। অনার্য্যসিংনা হনদৃ হনদৃবা খুভম ফংবা তান্নরি। হনদৃবা খুভম ফংনবা তানবদি মমাংঙৈদাসু অচৌ অচৌবা লাইনা হিংচাবনা মীনসু তান্নখিদে। হিংচাবগী মপোক্তা পোকলবা প্রহ্লাদনা হনদৃবা স্বধর্ম্ম ওইবা মপাগী কুল ধর্ম্মবু হুন্দোক্তুনা অলেম্বা ধর্ম্ম ওইবা হরিবু নিংজখি মহাকনা হরিগী মনাই অথোইবা ওইজখি। মচাগী মপাননা লানবা উমদ্রবা মপাসু হরিবু ফংজখি হেনগৎপা ধর্ম্ম অহেনবা খুভমদি ফংনবা তানগদবনি। হনদৃবা খুভম পাম্বদি অপংবা অঙাংনসু

পাম্নদে। অতোনবা লাইরবা মীনা ইনাক খুনবা পথনি ইনাক খুনবা মীনা লাইরবা হনদৃবা পামনদে থ'নরে।

৪৬। দান তৌদ্রেগা করি মাংবগে? মাংবা মরম লৈ দান তৌদবা ঈশ্বরদা কৎনিংদবা মীনা পরজন্মদা লান্নবা উপাই লৈরমদে। স্না, রুপানচিংবা হেনগৎপা লৈতে নিংজদবা, কৎনিংদবা, পিজনিংদবগী মতুং ইন্না লৈরমদে সংসারদসু মাবু মীনা নিন্দা তৌনৈ লৈনা লৈনা পিজনিংদে ঈশ্বরদসু কৎনিংদে হাইনৈ তোংজত্রবা মপোকনি থংনরি ঈশ্বরগী নিংথিবা নাম শোন্নিদে ময়ুম ঙংঙাইবা মফি অফবদি লৈরগা কৃষ্ণদা কৎনিংদবা, দান তৌনিংদবা লাইরবা মীবু উরগা পিজনিংদবা মীনা হায়নৈ ঐখোইদি দান তৌরগা করি কানবগে? কৃষ্ণদা কৎলগা কানদে হায়হনা নাপন তৌরি ঐখোইনা পুর্ব্ব জন্মদা দান তৌরক্কবা মরম্না ঈশ্বরদা কচ্চরক্কবা মরম্না সংসার অসিদা লাক পতি ওয়দ্রেবনি, দান তৌবা ঙমদ্রবনি কৃষ্ণদা কৎপা ঙমদ্রেবনি হাইবা ৱাখন তৌনদে। অচৌবা দলান্না চিবংদা লৈহনা রুপা স্না ৱাত্তহনা শ্রীহরিদা নিংথিরবা মখিরনাচিংবা কৎলিবা দান তৌরিবা মীবু অনার্য্যসিংনা নিন্দা তৌনরি। মানা কৎলিবা দান তৌরিবা অসি করি

কান্নবনো মোন সেংলগা লোইরে হাইনা নাপন তৌরি পূর্ব্বজন্মদা মোন সেংনা ঈশ্বরদা ঐখোইনা য়াম্না কচ্চরকপা মরমনা অচৌবা দলান কৎপা ঙমনরিবনি। মখোইনা য়াননা দান তৌরকপনা নিংথিনা ময়ুম দলান্দা [illegible]বা ফংলরিবনি পরজন্মদসু অসিগুম্না লৈরুগদবনি কৃষ্ণগী মনাক নকপা লাইনিংবা হাইবহ মখোইনি। ঐখোইবু হেনখ্রবা মপোকনি হাইবা থংদবা করিনো অপংবা ঐখোইনা কচ্চব ঙম্মদ্রবা অসি কৃষ্ণগী মনাক নক্রবনি নরক্কাবাগুম্বনি খনগদবনি য়েংউ অপংবা, থবক রানা শুরবা সিজিন্নরবা মীদা মোন সেংলবনি হাইথনা পৈশা অমতং মমন্নি হাইহনা পীয়্ম করি হাইরমবগে য়েংউ জ্ঞান তারক্কনি।

পুর্ব্বজন্মদা দান তৌরক্রবা কচ্চরক্রবা মীনা সংসারদা চানিংঙাই লৈত্রহনা কোইনা চত্তুনা চানবা থিরিঙেদা নাম শোলহৌদ্রে লৈতবদগী কংপাসু ঙমদ্রে ঈশ্বরবু নিন্দা তৌরে ঈশ্বরবু নিন্দা তৌরবা মীদি হুজিকমক নরোক্কারবা মীনি পরজন্মদসু হুজিক ওইরিবা মশক অহু ওইহনা লৈরুগদবনি। লৈরবসু কংনিংদে পূর্ব্বজন্মদা কচ্চবা হাইবা ধর্ম্মহু তৌরক্কবনা ঈশ্বরবু নিংজবা হায়বা

ধর্ম্ম অহ্ন তমলকপান মীনা তাকউদনম্ন লৌনিংদে।

৪৭। অয়াম্বা তানবদগী মাংবা করিগীনো? খর ফংলবদি অয়াম্বা তানগনু, খর কান্নারবদি য়াম্বা কানবা তানগনু অমাংবা ওইগনি। ব্যাধ অমনা শা তানবদা অচৌবা শঙ্গী অমা ফারে মানা পূজবামক ঙমদনা রানা পুরে। মতম অদুদা ওকলাবা অনা উরদুনা অসিমমু ফাখিগে হায়দুন শঙ্গী অদু থন্নগা ওক্লা তেম্না থারুরে ওক অদুনা চেনশিনলক্লুনা সিরমদাইদা ব্যাধ অদুবু হাঈদুনা চিক্লুনা ব্যাধ তুরে ওকসু সিরে ব্যাধনা অরাবা মৈচাক্লা মথোং হায়বা কাওথোকপদা লাল অমসু লাক্লুনা সিররে, ব্যাথসু সিরে। ওন্থোকপনি মানা অয়াম্বা তাল্লমদ্রবদি ম্যাসু সিরোইদবনি অয়াম্বা তানবনা মথরাই মাংখে।

মতম অদুদা লমহুই লাবা অমা থুংলরে মাহাক্লা হরাওদুনা হায়রকই নুংঙাইরেদা মতম কুইনা চানরগনি হায়না চংলক্লুনা লীল্ অসিনা নোংমা চাবা ওক অসিনা নুমিৎ ৫ নি চাবা মী অসিনা নুমিৎ ৭ নি চাবা সজি অসিনা নুমিৎ ১০ নি চানরগনি মতম কুইনা চানরগনি নুংঙাইরে ঙসিদি করি চাসিগে ঙসিদি লীরুংগী লীরি

ওইরিবা সউন মচেৎ অসি চাদুনা লৈরগে হয়েংদগী নুংঙাইনা হাওনা চারগে হায়দুনা লীরুংগী সউন চিক্কুনা চাংবদা খোংজী নাম্বোকত্তুনা থৌরিদা লেংদুনা লমহুই খরাই মাখে ওম্বোকপনি য়াম্না কানবা পামলুবদগী অহওবশু চাহৌদে অকংবা সউন চিকহুনা মথরাই থাখে অয়াম্বা তানগনু অয়াম্বা তানগনু। থর কান্নবদা তোকউ য়াম্না কান্নবা পামগনু। বিধিনা তমববু কর্ম্মনা ককপা য়াব্রা ?।

৪৮। কর্ম্ম ফবনা ককপা ঙমই। বিধিনা অফবা তমহুনসু মা অনা কর্ম্ম ফংত্রবদি অৱাবা নংবা ইকাইবা নংবা ওয়। দোলাই তোংউ মফম নাইয়ু হায়না তমলকপা কান্দা মী অহুনা কর্ম্ম ফত্তবা সঙ্গ তিন্দুনা মী হাংপনা চিংবা চংলবদি অৱাবা তাবা জেন্নাচিংবদা লৈবা য়াই। অফবা সঙ্গ তিন্দুনা অচৌবা নিংথৌনাচিংবা জমিদারা সিংগা তিন্নহুনা লৈরবদি অমসুং শ্রীহরিবু নুংশিবা পুকচেন্না ম ওয়হনা নিংজরবদি লাইনা কোকপা ঙমগনি। বি না তমহুনা শিরবা ককপা ঙমদ্রবা, সত্যবান্না হিংথিবা মাগী ভার্য্যানা স্বতী ওয়বা ধর্ম্মনা তিন্বী ওয়দনা মহাক্না কর্ম্ম ফবনা ইলাই লাইনা বিধি বলমবু খেত্তুনা হিংথি

মচানচিংবগা লোইনদুনা নুঙাইনা লৈখি। সাবিত্রীনা কর্ম্ম ফত্তবী নুপী ওইরমলবদি সত্যবান্না সংসারগী নুঙাইবা ফংলরোইদবনি। অমস্তুং কালঞ্জয়না কালবু ঙমজৈ হায়বগী মমিং কালঞ্জয় হায়না কৌবসি ফংলোইদবনি মানা কর্ম্ম ফত্তবা ওইরম্লবদি মাংখ্রগদবনি।

মপানা ঐগী ইচা অসি নুমিৎ অহুদা পূং অহুক তাবা কান্দা কান কৌবা লাইনা ফাহুনা সিবা তারে হায়বা থংলহনা গুরুদা মচাবু কচ্চহনা নাম ফংহলদুনা ঈশ্বরগী পূজা তৌজবনচিংবা, নামা সোন্দুনা লৈজবদা কাল কৌবনা ফাগে লাকপদা গুরুগী কৃপা অমস্তুং কৃষ্ণগী কৃপানা কাল চংদুনা ফাবা ঙমদ্রে নুমিৎ পুংফম হেনখ্রে মাগী সিগদবা মতম লেলখ্রে মরম অহনা মমিং কালঞ্জয় হায়না কৌদুনা মতম কুইনা পূনশিদুনা লৈখী মরম অসিনা মী ওইবনা কর্ম্ম ফবা হিংসাবাদ লৈতবা ঈশ্বরদা ভক্তি তৌজবনা অথোইবনি থংনরে।

কর্ম্ম ফত্তবনা মতমলৈবাখিবিক্তা মিথ্যাবাদ তৌদুনা রাঙাং খুদিংদা ধর্ম্মবু কাওদুনা লাইরবা পাংদ্রবা মীগী মশেন চানিংব, মীবু কিহন্দুনা রুপা, সনা, লৌবা জীববু নু শিবা লৈতহুনা জীব হাৎপা অতোনবা পাঙ্গল লৈতববু

কিহন্দুনা লুৎ পাং তৌবা করিনো কাল কৌবা লাইনা সোইদনা ঐবু ফাগনি হাইবা খনগদবনি।

৪৯। মী ওইবনা মতম খুদিংমক্তা ধর্ম্মগী ৱাখল ঙাক্তখনবা ঙমদে হাইবা করিনো? হাইবমক য়াই মরমদি মী ওইবগী মসাদা গ্রহ ৯ মাপন্না নোংমগী মনুংদা পুং ২৪ বু মাপন্থোকনা য়েনহনা চারি য়েংই। মরম অতুনা মীওইবনা মতম খুদিংদা পুকচেন ফাবা য়াদে অফবা গ্রহনা চারিবা য়েংইবা মতমদা অফবা পুকচেল ৱাখল্লা চিংবা ওইবা য়াই। ফত্তবা গ্রহনা য়েংবা কান্দা সাওনিংবা ফত্তবা ৱাখন মীগী মপোৎ পাম্বনচিংবা ওইরকই। অদুম ওইদুনম্ব ধর্ম্মবু কিগদবনি ঐবু ঈশ্বরনা উরিনি হায়বা খল্লবাদি পাপ কর্ম্ম তৌরোইদবনি। মতম খুদিংগী ঐবু ঈশ্বরনা উরিনি হায়বা ৱাখন কাওরোদবনি, মিকুপ খুদিংদা নিংশিংবনা অথোইবনি থংনরি।

৫০। ইনাক খুনবনা, অচৌবা মীনা, অতোনবা মীবু মশক থংদে, নুংঙাইবনা অৱাবা থংদে। অচৌব ইনাকখুনবনা লাইরবগী চানবা চেং ৱাল্লুগদবা পৈশ্যা হিপনি ঙাই লৈতদুনা উপাক্তা হিপলবা মীগী রুপান-চিংববু লৌবি নুংশিবা লৈত্না কিহন্দুনা মচানা চরা হেল্লবস্থ

হেঞ্জসনু হায়ড়ুন নমড়ুনা পৈশ্যা থরদং লৈবড় মুন্দুনা লৌই। নত্তবা রা হায়জিন্দুনা অরাবা নংহল্লি লাইরবসিং লৈত্রবদি অচৌবা ইনাকখুনবা ঐখোইগী ফজফম লৈ- রোইদবনি সেবা তৌবিনবা লৈরোক হায়বা থন্দে মতম লৈবাখিবিক্তা লাইরবা মীবু থওয়বিদে। অনংবা মীনা ঈশ্বরনা তম্বনি হায়ড়ুনা লাকচনা তৌরবা, থিনা তৌরবা অংমক্তদা নুঙাইতবা অদাওবা উহন্দে অরাবা খাংড়ুনা চরা হেন্দুনা লৈ লাইরবা মীনা পুকচেন ফবা হেল্লী লৈত্রবসু হুরানন্দে হুরাল্লবদি অচৌবা মীনা মতুংদা পিজনিং- লোই হায়না ঙাক্তুনা লৈ।

ওাম্বাকপনি লাইগী নোংদমদগী ইনাকখুন্বা লেপ্তুনা লৈবা য়াদ্রড়ুনা লাইরবা ওয়রকলে; মফম তারকলে, মতম অড়ুদা মপুক ফত্তবা হেল্লক্লে। লম্বী চংলবসু নমিং কিরুপ কিরুপ তৌনা য়েংনা চংলি মরমদি মখোইনা অহানবদদি লাইরবা মীবু লাক্লাখিব মচা থাকনবা রুপা নমন ; লৌরুবা অতোনবা মীগী মশেন চারুবা মরমনা কি না থুনা চংলি; লম্বীদা ঙাইহাক্ত, ঙাইখো হায়রবসু মতৌত্রবদি থাম্ব য়াদে থুনা চংখি লৈরত্রবা কান্দা নিরুবা ইকায়ড়ুনা নুমিদাং লোম্না লৌবা মখোয়না হেল্লি;

লাইরবা মীদি লৈত্রগা চরাহেন্দুনা লৈরকপনিনা চরাহেন্দুনা থাংবা ঙমই। মহৌশাগী ওয়হনা থাংহনা লৈ। ইনাক খুন্বা মী অচৌবনা হন্থরকপদি মখোয়না চরা হেল্লক্কবা মরম্না হেনবা ঙমদে মীঙোন্দা লৈত্রে পিয়ু হায়রুবস্মু ইকায়ৎনা লোন্না লৌবা হেললি। লাইরবা মীদি মহৌশনা মীবু কিহন্দুনা লৌবা অধর্ম্মদি সিজিন্নদবনিনা মপূক খোয়দে। মতুংদা পিনি লোই হায়হনা লৈ। হুঙাইবনা হন্থরকপদি মহৌশানা মীঙোন্দগী নমহনা লৌবা অধর্ম্মা শিজিন্নরকপা মরমনা হন্থরক্কবা কান্দস্মু নমহনা লৌবা লুং পাং তৌবা মী কিদবা য়াম্না হেললি। শিজিন্নখ্রবা সভাব হায়বসি কাওবা য়াদে। মরম অসিনা অচৌবনি হুঙাইবনি হায়নো নমহনা লৌবা তৌফদে। লাইরবা মীঙোন্দা হায়জবা ইকাইফম থোক্তে। মতম অমদা খুদোং চাবা কান্দা লমন সিংলক্কনি। অর্থ্যাসিংনা হুঙাইরবস্মু অৱাবগী ৱাখন তৌই। নংলবস্মু হুঙইাবগী ৱাখন তৌই অৱাবা, হুঙায়বা অনিমক চপ মান্ননা থমগদবনি হায়না তাকপিরমইবনি।

৫১। মতমগী হুংশিংনা পুবা মীগী ৱাঙাং লমচৎ ফজব্রা? ফজবা লৈতে সঙ্গ ফওাব বুধ কৌবা ব্রাহ্মন

মচানা মাংখিব মাগী মচত্তি মতম খুদিংদা মনিং তৌনা অহন লমনবু উশিংতে মপা মমাবু থওয়দে নুংশিদে ঐবু য়োকইবা, থাকইবনি হায়বগী অকিবা নুংশিবা লৈতে। জাতি ধর্ম্ম লাইরিকনাচিংবা তমনিংদে তমউ হায়বন্নু য়াদে নোংঙানবগা মীগী ময়ুমদা ফমহুনা নত্রগা উখোং ন্নাখোংদা ফমহুনা মীগী মচৎ মতৌ তমহুনা নোকখেহুনা লৈ। মতুং কৈখেল, হোটেন্নাচিংবদা চংহুনা চানিংবা পোং সোক্তুনা চায়। মালিকনা সেন পীরো হায়রগা মশাদগী মফী লৌথোকত্তুনা পিরমই। য়ুমদা হল্লকলগা ইমুঙ্গী অরৈবা পোং থিহুনা চায় ইমুঙ্গী অরৈবা সেন থিহুনা পুখি। চৎথোরকপা মতমদা হিয়াং কুম্মৈ য়েংবগুমনা থোরকই য়ুমদা হল্লকপা কান্দা মঙ্গারকপগুন্না চিন্তা তৌহুনা হলকই। ওন্থোকপনি মমান্নাবগা লোইনহুনা জুন্নার সানৈ তাশ পায়হুনা অরৈবা সেন থানারগা য়েল্লিবা তাশ অহু হাদোকত্তুনা য়েংলগা থুনা খংলগদববু য়ান্না চেকসিন্না পায়হুনা থানারিবা রুপাদা অমুক য়েংই। খুত্তা পাইরীবা চেদা অমুক য়েংই অহুমনা তপনা তপনা চিংহুনা য়েংই অসিবা, অমাংবা ওয়রবদি মথা চিকহুনা অশাওবা উংলি। অচুম্বা, অফাওবা ওয়রবদি মখুত্তগী

চে অহু খুপাকনা পোপ লাওনা থারগা নোক্তুনা রুপা অচু খোমজিল্লি মতম থরগী মতু'দা সেন মাংখে মশাদগী মফীনচিংবা মান থাহুনা সানরে লোইনা মাংখে। মীনা সেন পীরে হায়রে ফৈ যূমদা পিগনি হায়হুনা লাকমিনরে মচা সিবগী মঙ্গারকপাগুম্না হুমদাদ রুপা লৈরমদ্রে মতম অহুদা কলেজা তৌহুনা হায়রকই য়েংউ ভাই হুকান ময়ামগী টেব পিরদ্রে হয়েংদি হুনিয়া পুমনমক ঐনা নুভাই- হল্লগনি হুকান ৫, ১০, সিগী মী লোইনা তাস্থোক্লগনি ভাই, হুকান অমা নংবু ফমহল্লগনি ফিকর্নাই হাইরকই রারম অচ তাবদা হায়রকই য়ামনা ফরে মিষ্টর, হোটেনগী মথা থংবা অসাবা ইশিংগী দোকান অহু ঐনা ফমজগে হায়নাহুনা চৎখে।

অম্মুম তৌনা মতম খুদিংদা কলেজা তৌরমই। মতুংদা মাবু মীনা সেন থোবা কোইনা থিরে লোত্তুনা লৈরে, হায়দুনা মতম লেনখি। ইকাইবমু থংদে মশকমু থিদে নিংথিবা সঙ্গ ত্তৌহুনা বিদ্যা তাল্লমলবদি ঈজৎ মাংলোইদবনি মী উরগা লোত্তুনমু লৈরোইদবনি লাইরক তম্লবদি মাবু মীনা সম্মান ব্যাভার তৌগদবনি। জাতিশু অফবনি মপান্থু মগুণ লৈবনি বিদ্যা তম্বা ব্রাহ্মণগী ধর্ম্ম

মতুং ইন্না চৎলমলবদি মতম চাদনা অঙাং ওয়না মাংলোই-দবনি মীগী মখুত্তগী রুপা পামলুবা অশাম্বদগী জ্ঞান মাংই, জ্ঞান মাংখ্রবদি, সোইদনা হুরানবা য়াওরে। ইলাই লাইনা জেন য়োই।

ইত্যল

মখাদা জাতি অমগা বিজাতি অমগা তিন্নবা য়াদে ঈশ্বরনা তিন্নাহল্লমদে হায়বগী প্রমানগা লোইন্না ফোং-জরক্কনি অমস্তুং অতোনবা জাতিগী মতুং ইন্না চৎখ্রবদি অতোনবা জাতিনা অচৌবা সজ্জাতি অসি অনার্য্যনি হায়খ্রনি অপিকপা জাতিবু অচৌবা জাতিগী মতুং ইনহললগা অথোইবা ওয়গনি হায়বগী প্রমানগা লোইন্না ফোংজগনি।

নুপীগী ধর্ম্ম ঙাক্তুনা লক্ষিমবু লুনা নিংইবা গুরুজনগী ব্যবহার ঙাকইবা অহপকী মথৈ, ইমুংগী অনংবা অকাইবা অরাবা ওয়দে। অসিগুম্বা লমচৎ ফজবী নুপীনা য়াম্না লৈরবদি লৈবাক মরা তপই। নুপীনা নিপা ৩।৪ অহুম মরিশুবা পামলকপদগী ধর্ম্ম মাংখ্রুনা শাগে তুমনা মাংবা হায়বা অত ওয়রকলিবনি। তৌইগুম্বস্নং নিপা ওয়বনা স্বতী ধর্ম্ম (হায়বদি মপুরোইববু নিংজরিবা ধর্ম্ম) থুগাইগে হায়না খন্দুনা, রাশক্তুনা ঙাংলবা রাঙাং-

শিং অদু মতম পুম্নমক্তা ডুষ্টনি হায়না খন্দুনা লৌরোই. দবনি, অমসুং মখোই অহবু মিৎচিনা ফাওবা য়েংলোইদবনি। তৌইগুম্বসুং ধর্ম্ম ঙাক্কে হায়দুনা লাইরিক তমলিবা অমসুং লাইরিক তমলিবীশিংনা রাখল য়াম্না তৌনা ঙাকদবনি। নিপান' নিপী ময়াম লৌবিরগা হুন্দোকপিদুন' ( হায়বদি য়োকপি থ কপিদদুনা ) মুপীনা ঙাউখিবগী দে মদি নিপা নিপানা পাংলল তৌবদবননি। দোষ পুম্নমক নিপানা ফংফম থোবক হায়না ধর্ম্ম শাস্ত্রনা হায়নরি য়েংউ সাবিত্রীনা ধর্ম্ম কায়দনা কয়া নিং দিনা মুঙাংনা লৈখিবনো। লাই মকনসু মাবু জ্ঞান লৈবা নিপানি হায়না থাগৎনখি অমসু সাবিত্রীনা শিরবা মপূরোইববু, অকিবগী মশক ফংবা ফাউবা মপুকনিংদা অকিবা পোক্কনা স্বতীগী ধর্ম্ম ঙাকখি। মরম অসিনা ফজবা লমচং তমজবদি অফবা ওইগদবতনি। মমাংগৈদা হৌখিবা লাইনা অমদি মীনা লমচং ফজনরম্মি। মতম অসিদা নিপা মচা ওইবনা নিপী মচা পুম্নমক্তা ফত্ত ফত্তবা লমচং উহল্লে ১মসুং তম্বীরে। তৌইগুম্বসুং নিপা নিপীগী ফত্তবা অমদি ইকাইবা লৈতবা লমচং অসিনা মরম য়ইদুনা অমাংবা হায়বা অদু ওইনরকলে। ওহোকপনি, য়ুমলক্কী লৈরাংনা

লঙ্কাংদা, লম্বীদা, অমম্বা মহিংদা, নোংঙাল্লমদাইদা মতমনি মতম নত্তে হায়বা নাইদনা নারক মোংশোংদা শাৎলরে। তৌইগুম্বমুং মসিগী মতুং অসিদা মণিপুর অসি করি থোকলখিগদবনো ? ৱাখল তৌহনা য়েংলুবদা, নিপাগী দমক মমা মপানা নিপী হায়বা চৎনৱিবা অসি তোকলগা নিপীগীদমক নিপা হায়বা চৎলরগনি হায়না নিংনরে। মরম অসিনা হৌজিকী মতম পসিদা স্বতী ধর্ম্ম অমসুং আর্য্যগী ধর্ম্ম ঙাক্তুনা লাইরিক তমলিবী অমসুং তমলিবা-শিংনা আনার্য্য শিংগী লমচৎ থাদোকপিহনা নাকোং অনিশুনা তাহন্নিংদবা ৱাঙাং অথুপ্পা পুন্নমক পৃথোক্তুনা ঙাংবা মফমদা চংবিরোইদবনি। ইশা ইশানা ঙম্বমথৈ ধর্ম্ম অসি ঙাকপনা ঐথোয়গী তৌগদবা ধর্ম্মনি। নিপীনা ময়ুম পানথুবদা, মপুরোইবদগী হেন্দুনা নিপা অমগা চৎমিন্নবা; ৱা ঙাংনবা হায়বা অসি আর্য্যশিংনা তৌনখিদে। মমা মপা, মপুরোইবা য়াওবসু নত্তবা অতোপ্পা নিপাগা লোয়ননা, নুমিদাং কুম্মৈ য়েউ হায়তনা থারিবা অসি মমাংগৈগী আর্য্য শিংনা চৎনরমদে। কনাগী চৎনবীনি হায়হনা ইকাইবা থরদং থাদোকপিখিবদগী, মৈতৈ লৈবাক অসি মওং অমা হোংখিগদৌরে। অরাবনি, মৈতৈ ইচিন

ইনাউশা লৈখা তাখিগদোরবা ইমাবু অমুক্তং কোনখংপিবা নিজরি।

লাইরিক তমলিবী, স্বতী ধর্ম্ম ঙাক্কে হায়হনা নিংলিবিশিংনা ইপা ইমাগী শাগৈদা তিন্দুনা লৈববু থাদোক্তুনা মপূরোইসেবা তৌবনা স্বতী ধর্ম্মনি হায়হনা শাগে জাং ওনখ্রে। পিতৃ, মাতৃ, দেবলোকনা মাহুগী স্বাখি ওইখ্রে। তৌহুগুম্বসুং বিবাহগী মতুংদাদি মতম খর লৈরগা নিপানা লৌররোই হায়না থাইনবিরে ওস্তোকপনি মসিনা মরম ওয়হুনা চংনবা থোকলবদি হায়রিবা নিপী অসি করিগুম্বা অতোপ্পা নিপা অহুনা ময়ুম পানবা থোক্লবদি মহাকনা হয়েং শিবা মতমদা কনাগী শাগৈদা অমদি গোত্রদা তিনগদবগে মসি পিতৃ মাতৃগী নরোক তাবা অমৃনি। অমহিকমসুং করিগুম্বা মখোল কারকইবা লৈশাবিশিংবু লুহোংবিগে হয়রবদি হেংদ্রিঙৈগী মমাংদা লৌবিগদোরিবা বড়শিংগী অহল লম্মনগা অসেংবা দোকুমেণ্ট অমা ইনহুনা মশাগী সহিগা লোইননা কন্যা দান তৌবা পামজে। নত্রগা করিগুম্বা থাইনবিবা থোকলবদি, নিপী মচা অসিবু হান্নগী মতৌগুম্না লুহোংবা য়খিগদ্রা মথদি মৈতৈ লৈবাক্তদি চংনদ্রে

মরম অসিনা লুহোংলিবী নিপী কাইনবগী মরম অসি
কয়া পানজদে।

নিংশিংডবা — মমা দা লৈকাই অমদা মী ৫।১০
তিন্দুনা ৱারেম ঙাংবা য়ারমদে। হৌজিক্তি লৈকাই
লৈকাই খুদিংদা, নিপা মচা নিপী মচাশিংনা, লৈরক
খুল্লক্তা খোংবাম্ন চিংবদা মিতিংনি মিতিংনি হায়না মিতিং
হৈবা ময়াম্ন কান্নবা মরমদি মিতিং তৌবিদ্রবনা কান্নদ্রবা
জাৎ, বীজাৎতি থাইদ্রবা মিতিং পুথোকপিরকপনী
ধর্ম্ম পুমনমক লৈখা তাখিহনা অরুপা খোংবান্দা তাখিদোরে
তৌইগুম্বস্লুং হায়রিবা অসিদনা নিপা মথৈনা ইমুং মনু দা
চংহুনা অহাওবা (হাওবমগী) ঈশিং থকনরকলে অমস্লুং
নিপী মখৈনা চংগী চিঞ্জাক চাবনা কৈ হায়না লেপনরকলে
মলি মিতিং হৈবা ইবুংঙো ইবেন্মসিংদগী থোকখিবনি
ওন্থোকপনি ঃ— ধর্ম্ম কৌবা লাইনা মতম খুদিংমক্তা
ঙাকপিগনি নিংজবস্লু ঙাকপিদ্রে। কাউখ্রমাদ্রে। মতাং
চারে হন্দক্কী অসিদা ঙাকপিহৌদ্রবদি লৈখা তাদুনা
মাংখিবা তারে, ধর্ম্ম কৌবা ইবুংঙো ইত্যাদিং।

